# চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি

এলাংবম নীলকান্ত




অফোঙবা :—শ্রীএলাংবম বিজয়কুমার সিংহ

মথুম য়েকপা :—শ্রীথোইদিংজম তোম্বী

অহানবা ফোঙবা : জুলাই ১৯৭১
কপি মশীং ১০০০



মমল : লুপা অহুম

ছাপা নম্ফম :—সিটি প্রেস, ইম্ফাল।

অনিশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওগী মনুংদনি। পোদোন মচা অমা মুংলি মুংলি চাক্লি। মমাংদা অভৌবা অহাঙবা চেবাং অম শন্দোক্লদুনা নহা ওইরিবা ছাত্র অমনা মখুত্তা কলম অমা পায়রদুনা লৈরি। মহাক্না হোৎনরিবসি শৈরেং ইবনি। কবি হায়বদু ওইজনীংবনি। চহি অমনি অদুদা ফনদুম য়াম্না ইখি। ছাত্র অদু ঐহাক্নি।

কবিতা হায়বসি হৌজিক্তি লাউনা হায়বনা পরুদে। লোম্না নাপদা শোনগদবনি। অদুগা শৈরেং হৈনদবা মীশক্তা শৈরেং পাবীয়ু হায়বসিমা থক হায়রোইদবনি। ঐনা ইরিবসি করি হায়রিবনো হায়বসি ইশাস্থু চপচানা খঙজবা ঙমদে। অদুবু ইরিবা খরা অসিনদি ঐহাক সমাজদা হিংলি হায়বগী প্রমাণদি ওইগনি। খৃঃ ১৯৪২ দগীনা ঙসি ফাওবদা ইজরক্লিবা শৈরেং খরসি পূল্লপ্না ফোংদোকচরি। মসিনা কান্নগদ্রা হায়বদি ঙমদে। অদুবু শক থীজরবসু ইশাবু মিংশেলদা য়েংজবগী অপেনবা অমদি পোকচে। উরিবা শকফমদি ইশাগীদি থোইনবু নত্তে। সমাজগীনি।

লাইরিক অসিগী মমিং— "চংলসিনে কদাইদনো ইবানি" থোনজে। বাহৈ অহুম অসিদা করম্বা যাদু য়াওবনো খঙদে। মমিংগী অস্থুম খল্লকপদা মঙোন্দা হেক্তা হঙ্জিল্লকই। মমিং অত্তোপ্পা অমদি থোনবা য়ান্নমই—মণিপুর, মণিপুর, ঐহাক্কী মণিপুর।

ইম্ফাল

৩০।৬।৭১

এলাংবম নীলকান্ত

ঐভোন্দা
কবিতাগী মশাক তাকপীরকপা
মহাক্কী শৈরেংবু পাজনীংবদগী
বাংলা সাহিত্যদা চংজরুবা
বিশ্বকবি
রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মংগমদা
কত্থোকচরি ॥

ভক্টবা মতম ঃ ১৯৬২—১৯৭১

## হীরম লামায়


| | |
|---|---|
| চহিনসিনে কুদাইদনো ইবানি | ১ |
| নীংশিংলিবরা মনোরমা ? | ৪ |
| মণিপুর | ৭ |
| প্রার্থনা | ১০ |
| কায়নবা | ১১ |
| অহিংগী চেক্লা | ১২ |
| শৈরেং অমগী শরুক থরা | ১৩ |
| য়ারবা জগৎ | ১৫ |
| মঙ্গল মেলা য়েংলুরবরা ? | ১৬ |
| চহিগী বসন্তগী অয়ুকসিদা | ১৮ |
| লম্যাংনবা | ২২ |
| নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখী | ২৫ |
| ওইজগে ঐহাক্তি কবি | ২৭ |
| মণিপুর, মণিপুর, ঐহাক্কী মণিপুর | ৩৩ |
| মহাত্মা গান্ধী | ৩৯ |
| গিক্তবা | ৪০ |
| গিয়ু নহায়োল গিয়ু | ৪১ |
| থাহং | ৪৪ |
| অবাবা | ৪৫ |
| ঐগী ইনা | ৪৬ |

# চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি

চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি
থাবলগী ঈপাক মথকসিদা হিহোনবনা যৌভমদ্রবা লমদমদুদা
কনানসু উদ্রবা কনানসু খঙদ্রবা কনানসু তাদ্রবা—
চত্ত মচৎসি চত্ত মচৎসি হৎলকসু য়াহৎদো
"কমিগীনো অসিদি"।
থেঙখ্রবা অহিংগী লৈহাউ লৈরেনগী কোকিল
কাওফাভৈগী য়াশক লৈখোক অমতগী লৈরাং অনি
ঐহাক্কী নত্তে ঐহাক্কী নত্তে।
ঐহাক্কী মুংশির্বদি গুপ্তচরনি
মহাদেবগী মমাংদা খাঙভমদনা চেল্লিবা কামদেবনি
শামু খোঙয়েৎপদা খম্বগী হকচাংনি
দুষ্যন্তগী সভাদা ফীরুক খুমজিন্না লেপ্লিবী শকুন্তলানি।
খঙইনে ঐহাকসু খঙইনে
য়াম্নখিদেনে সুমিৎতুদা নহাক্না ঐহাক্কী ফীজি
ওইখিদে নহাক্না শগোল্ল তোংবা পাখং —
পাউমেনজখিদে কদৌৱৈ নিংভোলগী খোয়েন মঙ্গান চাদা
তৌখিদেনে ঈঙ্গিৎ থাদোইনা লোক্তাক মপান্দা থমংখোংগী
খোংজীন্দা

"মানি নহৈ অচানবী"

তারেদনা নহাকস্থু লৈরাংগী তেংথারোল বসন্তগী ঝারবা খোঞ্জেল
উরেদনা লৈচিন্না কুপখ্রবা শরৎকী পূর্ণিমা।
ঐগী খুৎসি পায়য়ুনে চঙশিল্লকউনে ঈনাক্তা
হা-ইমা ! করিনো হন্দোক্লিবসিবু
নহাক্কী শমলাংগী নীংথিজববু ঐহাক্লা কয়ারক উখ্রবগে ?
মরোল অতুমমকপু শুঙ্কাৎপা ভম্লবা নহাক্কী সুংশিরবা শম্লাংগী
অমুবা লৈচিল অদুনা
কুপশিনবীরো চান্নবী ! তাঙহল্লোনে ঐহাক্কী মিং অসি
মমহল্লোনে।

ইখুত্তগী লৈসি উরবরা ?
পায়নীংদ্রবস্থু কৈদোগে নহাক্কী শমজিদা থেৎকেসে
নহাক্কী শমজিদা থেৎকেসে চঙশিল্লকউনে।
নঙনদি খঙলোই
নঙনদি খঙলোই
নঙনদি খঙলোইদো সুংশিৃবী !
করিগীনো ঐহাক্লা শরৎকী থাবলদা কপ্লিবা
বসন্তগী লৈরাংশিংবু থদৎলিবা মলয়াগী ঈথিন্দা মিপ্রাইরিবা
করিগীনো অমংবা নোংগী মপৈ উবদ্রা
থম্মোইদা থাঙতমদবা চৈনাখোল পোক্লিবা।
তারিরোই নহাক্তি উরিরোই

ঐহাক্কী মুর য়াওদ্রবা ঈশৈ ফোংদোকপা ভমদ্রবা খোঙচৎ

থাদোকপা ভমদ্রবা

ধ্রুবতারাগী ছন্দ

পাউখুম মাঙখ্রবা তন্তবা রাহং লৈকংলাগী মিরবা তেংথারোল।

আঃ নহাক্তি য়েংলিদো মীৎ-কুপ্পনা অহাঙবা অতিয়াদা

অহাঙবা অতিয়াদা অহাঙবা অতিয়াদা !

য়েংলকউনে ঐঙোন্দা অমুক্তং

ঐহাক্কী চোকথরবা মিৎফমসিদা

মঙাল য়াওদ্রবা মায়থোংসিদা।

থাবলগী ঈপাক মথকসিদা

চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি।

# নীংশিংলিবরা মনোরমা ?

**Do you remember an Inn, Miranda ?**

কৌক্রু চীংগী চীংদোন্দা ইবানিনা শাগৎলম্বা উনাগী খাংপোক
নীংশিংলিবরা মনোরমা ?
মওং নাইদ্রবা উনাগী খাংপোক হায়ফম খঙদ্রবা কৌক্রুগী মুংশিৎ
পল্লেপফম খঙদ্রবা মীওইবগী পুন্সি নংতনা খঙবা ঐগী থম্মোই ।
মুংশিৎনা বা বা শীৎলকপা নোংলৈনা উরুউরু লৈশিল্লকপা
মুংশিহৈত্রবা মমশিল্লকপা অমংবা নোংগী মপৈ
নোংথাঙগী তথক্রুবা শাথেক
অকিবা নোংখোং ।
( মতম অদুদা নহাক্লা ঐঙোন্দা চেংনা কোন্‌শিল্লকপা
অমসুং মদুদা ইবানিসু কয়াদা নোকমিন্নখ্রবা ! )
নীংশিংলিবরা মনোরমা ?
নীংশিংলিবরা ?
বসন্তগী নামিবা মলয়ানা চীক্লবা উনাশিংবু তনিক তনিক লাউহল্লকপা
ঐহাক্কী থম্মোইবু নীকহল্লকপা
নহাক্কী থম্মোইবুসু নীকহল্লকপা ।
অদুবু য়েংথোকখিবদদি কনা উদবা উনাগী খাংপোক নত্তনা
নহাক্কী উনাগী খাংপোক
ঐহাক্কী উনাগী খাংপোক

নং অমসুং ঐ
ঐ অমসুং নং ॥
নীংশিংলিবরা মনোরমা ?
নীংশিংলিবরা ?
অমম্বা অতিয়াগী অহিংদা নিলখোংলবা সহরগী মৈডান্দা
নহাক্না নোংম খুদোম্বী থিন্দুনা খাংপোক্কী উনা অমতং হন্দোকপা
য়াওনিংলকপা সহরগী তপথদবা সুরদা।
শরুকপা নহাক্না কৌব্রুগী অরোইবা নাইদবা ঈশৈ
মলয়া মুংশিংকা কোন্নবা লৈরাংগী শাথেক্কা তিন্নবা
অমসুং ঐহাক্কী থম্মোইদা তিল্লুবা ॥
নীংশিংলিবরা, মনোরমা ?
নীংশিংলিবরা ?
নংনা পাজবা কৌব্রুগী লৈরাং মখোং শোমজবা কৌব্রুগী হৈরাং
নহাক্কী পুন্সি লৈরাং ঐহাক্কী থম্মোয়গী হৈরাং।
হৈরাং-লৈরাংনা শাগংলবা বসন্ত নামীবা মলযানা থোগল্লবা ঋতুরাজ
কৌব্রুগী চীক্লবা চীংদোনগী সুর
নহাক্কী পুন্সিগী সুর ঐহাক্কী পুন্সিগী সুর
সুরগী অরোইবা পল্লেপফম থম্মোইগী শান্তি ঈহৌফম
ইবানিগী উনাগী খাংপোক।
নীংশিংলিবরা মনোরমা ?
নীংশিংলিবরা ?
কৌব্রুগী উনাগী খাংপোক্তা

থাবল কয়ানা নোকখ্রবা বসন্ত কয়ানা শাৎখ্রবা
হৈরাং কয়ানা কেনখ্রবা বসন্ত কয়া হৌখ্রবা !
অমংবা নোংগী মপৈ কয়ানা ইবানিগী থম্মোইবু নীকহনখ্রবা
অহিংগী অমম্বা কযানা ইবানিগী পুন্সিবু মমশিনহনখ্রবা ॥
নীংশিংলিবরা মনোরমা ?
নীংশিংলিবরা ?
অদুবু নহাকস্তু খঙলিবদুমঙাই
ইবানিগী ঊনাগী খাঙপোক্তি লোইখ্রে উং ওনখ্রে নোংম কৌক্রুগী
চাকহনখ্রে খঙহৌদনা লম্মৈ অমদা অকিবা ফংনা চাকখৎলক্লবা চীংদোন্দা।
ঐহাক্কী থম্মোইবু চাকহল্লকপা নহাক্কী থম্মোইবু চাকহল্লকপা,
অরোইবা নাইদ্রবা মৈরি
নহাক্কী পুন্সিগী মৈরি
ঐহাক্কী পুন্সিগী মৈরি ॥
মৈরি অদুগী মঙান্দা ইবানিনা চেংনা কোনশিন্নদুনা কয়া কুইনা কপখ্রবা
নহাকস্তু কপ্পা ঐহাকস্তু কপ্পা
কৌক্রুস্তু কপ্পা।
নীংশিংলিবরা মনোরমা ?
নীংশিংলিবরা ?
কৌক্রু চীংগী চীংদোন্দা ইবানিনা শাগৎচরম্ব। ঊনাগী খাংপোক্
নীংশিংলিবরা মনোরমা ?
নীংশিংলিবরা ?

---

# মণিপুর

রথযাত্রা নুমিংকী নুংথিলদা
কংশি, মাঙগং, পূংগী মখোলগা লোযননা
"জয জগন্নাথ" "জয জগন্নাথ"
'নল্লি মাবকৈ 'পূন্না মণিপুরগী।
অদুবু মণিপুরগী অভিযাদদি
অমকপা, যেংথিনবা থম্মোইদগী থোরকপা
লোইবা লাইদ্রবা চৈনবা খোল্লাউ
অমুবা অরঙবা প্রোপগণ্ডা
কংগ্রেস, সোস্যলিষ্ট, কম্যুনিষ্ট, প্রজাশান্তি
হিংসা, অহিংসা, রাজসিংহাসন।
"কদোমদনো লম্বেনসিবু—
চীনগা থুংকা মান্নদবা,
নমথুংফমগা লম্বেনগা শন্নবা,
ফিদমদগী মীশঙ্কা লুবা ?"
হংলি নহাক্তি ইমা মৈতৈলৈমা !
মজাইবেমা মমোম লাংজেম মোঁইবীমা শাথোঁবা
কাঙ্গাগী মুংশিং শাম্বিবা
নিংডোলবু মোগী শীংদা চলুহনবা

লাই হরাওবগী জগোই—
থেক্ক-থেক নোৌগ-নোৌ হায়না হুম্ম শা গেক্পা
শুষ্কাৎপা বাঁশিগী স্বরদা,
অঙকপা পুংলোন্দা জগৎপু কাউহুনা
ঐখোয়না য়েংজবা মৈতৈগী জগোই রাস
নীংশিংলিবরা ইমা মণিপুর ?
নচাশিংদি য়েংলি ; অহুবু কাউরে !
হৌজিক্তি রুদ্রগী তাণ্ডব জগোই
পৃথ্বী থক-খা ওলহনবা নটরাজ শিবগী
প্রলয়-ঈঙ্গিৎ লৈপাক লৈমা চেকখায়দোরে
লাঞ্জদ্রবী, পূন্সীচুপ্পা রাজরবী
সতী সীতা অচুম্বদি চঙখিগদোরে
চঙখ্রবরনে ইমা মহাত্মা গান্ধীগা লোয়ননা ?
অঃ ইমা নঙনদি য়েংজগে হোৎনবা শাৰি -
অচুম্বগী মঙাল, ধম্মগী মৈত্রী,
থম্মোয়গী শেংলবা অহিংসা
তারেদনা নহাকস্থু উরেদনা
এটোম বোমগী মখোল, অয়াকপা, অকিবা,
মৈরিক-মৈখু অমুবা চীংমুক রাংবা
রাশিয়াদা 'জার' নিংগোৌনা নৈব-ওৎপা ঈ চুপ্পা
বন্দী বনবাস মী লীশিং কয়াবু মতুংদা কম্যুনিজম
ষ্টেলিন !!

শেংলবা মুংথিলদা নীংঙাইদনা খোংলিবা
লমন্থুইগী কাংবু এশিয়া অমসুং আফ্রিকাগী
অতিয়াদা পাইরিবা লঙজাগী শঙ্গু
পাইবা শাইনে ফীরাল ইউ, এন, ও দা
"হাফমাষ্ট" গান্ধীজীনা নোঙ্গাখিবদদি
অরাবা কোঙদোকই মখোয়না—
মীওইবা জাতিগী অমাঙবা অমা !
অদুবু ইমা নহাক্তি
ছন্দোক্রমলে হিদেনতাকম অদুদা হিংসাগী
স্বার্থগী, পার্টি পোলিটিক্সগী
শকুন্তলাগী নীংশিং খুদোপ
নহাকপু কাউরে, নচাশিংনা হৌজিক্তি
নঙাকপু ইমা মৈতৈ লৈমা !
গিরথিনি নচাশিংনা মোংমদি
শিন্থরকপা পিগা লোয়ননা
অনুতাপ্ন চারুবা দুষ্যন্ত !
মতম'দুদা নহাক্তি কদাইদা
কদাইদা ইমা, কদাইদা ?

১৯৪৭

---

## প্রার্থনা

অসিতনি ননাইগী তোল্লবা প্রার্থনা হে ঈশ্বর !
পীকলবা ননাইগী আশাগী মৈরিসে—
ভালহনবীয়ুনে ইবুংঙো নহাক্কী নীংথিবা নিকুঞ্জবন।
পাক্লবা তাইবংগী কিরবা অমম্বা মখিদু
তাহনবীয়ুকো নহাক্কী মঙালগী মাংমদা।
শুক্লবা চীংমুংগী চীক্লবা লোকমুংদা
খোংবিয়ুনে নহাক্কী শুঙ্কাংপা মুরলী বাঁশী।
গোংলবী নোৌরবী বসন্তগী উরীশিংনা
য়েংহনবীয়ু ননাইগী তেকল্লবা পুন্সীগী পামেলসি
থাপ্লবা চীংমুংদা মুংশিবা তান্নাগী খোঙ্গেল
শেংলবা অয়ুক্কী লৈনম পুরবী মলয়া
চাক্লবা থম্মোইগী অরোইবা ঈশৈগী খোম্থাং
ভমথীরবা য়াক্লবা স্বর্গ গী আকাশবাণী
তিলহনবীয়ুকো নহাক্কী মুংশিবা বাঁশীগী সুরদা।
হে ঈশ্বর ! অসিতনি ননাইগী তোল্লবা প্রার্থনা ॥

১৯৪৫

# কায়নবা

ঙাইরমইনে নহাক্না ঐবু থেঙলবা অহিং অদুদা
খঙহৌদ্রে ঐহাক্তি নহাক্কী অদুগুম্বা ঈঙ্গিৎ।
কৌরমই নহাক্না মুংশিবা মেঙলবা খোঞ্জেল্লা
তাহৌদ্রে ঐহাক্তি পোত্থারিভৈদো চোকথরবা হকচাংসি
হোন্দোকখ্রে নহাক্কী হিদু থাবল ফরবা অহিংদা
শান্নমিন্নখ্রে ফ্গায়না শাংলবা পাংয়ায়গী থরোগা।
লূপখ্রেনে চান্নবী! ঐহাক্কী নাপলগী তি অদু
মাংখ্রে ঈয়ায়দা শেমগংচরবা আশাগী পোংয়োমগা।
হৈক্তদেনে ঈরোইবা ঙমখিদ্রে ননাক্ত য়োঁজবা
নহাক্না থাদবীরম্বা লৈরাংদু মুংশিবী ইতা!
তাউগোকহনখ্রে ঈথক্না লোয়ননা মুংশিবা লৈনমগা।

১৯৮৫

# অহিংগী চেক্লা

চেক্লানি ঐহাক্তি অহিংদা কোয়বা
পাইজন্নিবা ইতোমতা ঈনিং তম্না
অকনবা মুংশিং নোংলৈ মরক্তা
উশা অসিদগী তেকথরকদোরবা
পাইথোকচরক্লি অহাংবা অতিয়াদা !
পামজদ্রে ঐহাক্তি শরৎকী থাবল
য়েংজনীংদ্রে বসন্তগী অনৌবা য়েংনিং।
মন্নবা অতিয়াদা অকিবগী দেবীনা
লমজিংবীরি ঐবু থাপ্না থাপ্না
চোকথরে হকচাং অপূম্বসু লোইনা
লৈজদেনে অতুবু ঐহাকী কায়দোংফম
অকনবা মুংশিত্তা, মন্নবা মালংদা
হে তূম্লিবা ! হে। শাতানবা !
চেক্লানিনে ঐহাক্তি অহিংদা কোয়বা।

মে, ১৯৪৫

শৈরেং অমগী শরুক থরা •

২

হাইদোক্লমই লৈরাংশিং মিৎকী নৌনা
ঙাম্থোরক্লমই মমি অমখক ফজরবা
ঙম্নমদেনে হাইদোকপা নৌনা কুইনা
তাহল্লমইনে থম্মোইদা আশা মমি।

৩

খঙহৌদনা শাৎকায়রকই মমিদো
লেঙঙমই লৈনাশিং মুংশিৎ শিৎপদা
যেংখৎপা লাক্লরমই কনাগী মমিৎনা
ফংখিদ্রেনে মহাকপু থিবা ইমিৎনা।

৪

তাহল্লমই নাকোংদা মিররা খোঞ্জেলনা
"খঙলরোইদো নপোক্তা লৈরাং মশক
শাৎকাযবদা হৈজবা নিংথিবা লৈরাংনি
ঙমজদেনে পেলহনবা ইঙ্গিৎতনা নত্তনা।"

৭

উখিদরে ফ্গায়না শ'ংলম্বা মশক
শুইরক্লে লৈনাশিং নিংশিং ৱাংমদা
তাউথখ্রে লৈরাংদু নীংবা কায়র'ঈচেন্দা
শীররমাদ্রে বিদায় মুংশিৎনা হুম্বদা।

৮

শাউগন্নুকো লৈরাং কেনখ্রবস্থু লৈনা
লেঙবীনু লৈখোক নীংশিং ঈয়ায়দগী
তাল্লক্লি ঐহাকস্থু থাপ্লপ্পা নংতম্না
থুংলরোইকো নীংবা হন্দকী মপোক্তা

৯

শাংলমউকো থম্বাল শাস্তি ঈয়ায়দা
নোংপোক্তা থোক্লক্কে ঐহাকস্থু নুমিং
নোকমিন্নসিকো ইবানি নুংথিল 'মতদা
কাউনন্নুশি ইতা ! শরুখিবা ব্রাশক।

তেরকৈকেথেল
এপ্রিল ১৯১২

---

* মথকী লৈরেং অসিগী অরাংপা শরুকশিংসি শ্রুবা চাথোক্লমনে। অর্থ থোক্তবা কাওবা য়ারবা মচেৎ থরসি কৈদোনা কোওজিবনো হায়বদুদি—ঐহাক্না পামজরবনি।

## ৱারবা জগৎ

লেপাখে, ঐহাক্কী কবিতাগী ঈশৈ,
অহাঙবা অতিয়াদা শারদ্রে জগোই-
তংখে, তারস্থ নুংশিরবা বীণাগী।
ম'থ্মে, স্বরস্থ খোঞ্জেলগী ৱাংমদা।
অচিকপা লমদা ফম্লিবা কবি,
খোংলমু নহাক্কী নুংশিবা বাঁশী।
মাযৈগে মরিদা প্রলয়গী মৈরা,
অকিবা ফংলবা শিবগী তাণ্ডব,
ৱারবা মীওইবগী শরুগী মূর্ত্তি—
যেংঙুনে কবি, যেংঙুনে ভপ্না।
খোংঙো নোং, চুরো ঝম ঝম,
শীংলু নুংশিৎ উ উ লাউনা!
শানখেনে অতিয়া অমন্বা মৈথুনা
লৈখিদ্রে সংসারদা অচুম্বা মঙাল।

---

## মঙ্গল মেলা য়েংলুরবরা ? *

মঙ্গল মেলা য়েংলুরবরা ? য়েংলুদ্রিয়ে ঐদি য়েংলুরে
উরুদ্রিদনা গোংচল্লরকপা ময়ামতু মফমতুদা
বসতা রিক্সাদা সাইকলদা খোঙদা।
নহাকপু পুন্সীদা চীফ কমিশনারগী কম্পাউণ্ডদা চঙলুরবরা ?
চান্দনী ! নহাক্কী চোইজাইনরবা শগ্রাংগী মেলা
নহেক্কো হন্দক্কী মণিপুরদা তৌরিবা মঙ্গলঘট মেলা
মালেম লৈনা লুম্বরা ? পলেম ইমানা মকমই —ভারৎকানি
কোয়ৌ নোংমদোননা য়াংবর ? জাতিগীনি
ঈশিং পুন পুরী কুমারী চামনা শক্তি মঙ্গলগীত
উনানা কুপ্লবা বসন্তা লেপতুনা তৌরি ইঙ্গীত
ভানুনা চাক্তারি পুথ্রীদা ঈসিং পেরে কাপ্লি
যজ্ঞ তৌরি বেদমন্ত্র থীরি নোল্লুকচরি অঙম অগৌ পূন্নমক
ক্রিটিক দুষ্মন্ত ! হঙ্গিল্লু নহাক্কী তেন্দো মফমসি আশ্রমনি শেংলবা
পুখোরকখিল্ল ডাইহাক্ত রম ড্রাই জিন কালেগী বোটল অমাংবা
সবেব ভদ্রানি পশ্যপ্প
যোল্লি চা কা তৈ-রা স্নহাসিনী স্নয়নীশিংনা
শ্রীমতীশিংনা—নাযর শাযর রম্ভা ইবেমহল চাউবী
মখল মথেল শাম্নরি—লংলি হুল্লি কাপ্লি লাউরি ইরি

শা'ডা শেংপী ভারতমাতাগী মূর্ত্তিনা হংলি—মঙ্গলঘট লৈরোইদ্রা ?

সর্বে সন্তু নিরাময়াঃ

মচান্দদি চা কপ চৃপলি অদুবু মমিঙ্তি

কোযরৈ লৈরি মচৃগী মেলাদা শক্কী কৈথেলদা

চান্দনী' নহাক্তগা যাওরম্মবদিকো থুংশন্নবা শামিযানাগী মথাদা

উবমগনি নহাকম্ভ লোইনা নাইদ্রবা মচু

ল'ঙতক্লন্নবা থম্মোইগী শংবান্নরবা মচৃ

চা'উজনিংবা পুন্সীগী চারোন খারোনগী মচৃ

ওঁ শান্তি ওঁ শান্তি ওঁ শান্তি ওঁ—

অদুন ভা'কপায়ু ভগবন !

চক্ অসিনা য়ুমদা কৈদৌনকুগদগে ?

চক্ অসিনা যুমদা

চক্ অসিনা

চক্

চৌক কমিশনারগী কম্পাউণ্ডদা তৌরিবা মঙ্গলঘট যেন'বু উকবদা ইথিবা

# ঙসিগী বসন্তগী অয়ুকসিদা

ঙসিগী বসন্তগী অয়ুকসিদা
নিংথিবী ! নহাক্তি জগোই শারি—
শুফুংপা শাথেক্তা মোমোন নোক্লি
নহাক্কী মীৎচিগী তেম্না
থোতোম বোম পোকথায়বগী মৈথুগুম্না
কৃপশিল্লক্লি ঐহাক্কী মিৎয়েংগী জগৎ।
অদুবু নহাকসি
কয়াদা থাপথুবা !
হোৎচিল্লি ঐহাক্কী থম্মোইস্তু
কামগী মযাই কারবা ছন্দস্তু
গৌরমদাই জীপকী ইনজিন মখোলগুম্না।
অদুবু নহাকসি
কয়াদা থাপথুবা !
ওইরে পুন্সীসি লেপফম খঙদবা
চীংশিন্নবা অমসুং থাপতোক্লবগী শক্তিগী লানফমদা
পেংগায়নরি মীকুপ খুদিং
কৌরব পাণ্ডবকী তেংগোলগুম্না
কাণ্ডগা থম্বগা নম্বগুম্না

চঙলক্রবোই নীংলুই ফজবা অপাম্বা কয়া
মর্নাং তম্না তপথবা লৈতনা।
থল্লকই ওইরেদনা ধন্য ঐহাক্কী পুন্সীসি
ফংলগা পূম্নমক অসি পুন্সীদা।
অদুবু বাখল অসি মায়ানি—
পাইরম্বদগী চপালেপখিবা উচেক্কী শাখপকুম্না
লম্মৈ চাকখ্রবা উমংগী মশামমেং চাকথোকখ্রবা
তরক তরক লেপ্পা য়ুংলিবা কাহৎলবা উপালগুম্না
পূম্নমক অসি লেঙদে—চপলেপই
নাইতোম লৈরি, বারী শানদে।
অদুবু অঙকপা মায়াগী থৌরী লিচিংদা
ঐবু পুশিল্লি তত্তনা ফজবগী লাংদা
গৌজিল্লি ঐগী থম্মোইবু তপথবা লৈতনা
মাঙদা উরিবা ফজবীগী নাক্তা।
অদুবু অসিমত্তু মায়ানি মঙগী মশক্নি—
খোঙফম অমা পাংকিন্দে তশেংবদি
চাকা ফুকঙমদ্রবা কর্ণগী দোলায়গুম্না।
অদুবু নিংথিবী! নহাক্কি জগোই শান্নি
কৌশিল্লি খুৎলাম তোয়না
ঐহাকস্থ য়েংলি নহাকপু মীৎকুপ্তনা
অপাম্বগী তপথদ্রবা সিটি বসকী ইঞ্জিন মখোন্দা

নহাক্তি জগোই শারি—জগোই শারি।
হৌজিক্তি ওইরে পুন্সী অসে
লৈই অনিগী কক্কম—অপাম্বগী অমসুং লাপথোক্লবগী
চিংশিনবগী অমসুং থকতোকপগী
ওইরে মতম পূম্বদা অণাপ্পা
নাইতোম নাইতোমগী জগৎ।
মাঙখ্রে অনকপা অমতা ওইবা মতমগী সভাতাদা
ওইরে মতম পূম্বদা অরাপ্পা অহাংবা॥
ঙসিগী বসন্তগী অয়ুকসিদা
নিংথিবী! নহাক্তি শারি জগোই।
অদুবু নহাক্কী মীনোক অমসুং ঐহাক্কী লাংতক্লবগী মবক্তা
লৈরি অহাংবা
নহাক্কী শাথেক অমসুং ঐহাক্কী থাঙজমদ্রবা কাম্নগী শাফুরক্তা
লৈরি অহাংবা
ফজিন্নকই নহাক্না ঐ তম্না ঐহাকসু তোংচিল্লি
অদুবু লৈরি অহাংবা
ওইরে পুন্সীসি জগোই রাসকী খুৎথেক শাথেক
অয়েংববু চিংশিনবা অমসুং থাপাতোকহনবা
কোয়্ন কোশিনবা অমুকসু তাম্নোকপা
ওক্কুবী সুপীগী কংলবা মীনোক্কুম্না।
ঙসিগী বসন্তগী অয়ুকসিদা

নিংথিবী ! নহাক্কি জগোই শারি—
অহুবু ওইরে পুন্সীসি অহাংবা
অহাংবগী অহাংবা ঙাক্তা
মিংতাংবা লোম্পোক্তবা অনি লেপমিন্নবদৌনা।
মাঙখ্রে লম্বী নক্কবগী অমতা ওইবগী
থম্মোয়গা থম্মোয়গা তিন্নবগী
খুংশন্নহুনা ঙাওনা থাবল চোংবীগী।
হৌজিক্তি উরে তহাংবা ঙাক্তা
থাপ্পবনা কৃপশিনখ্রে পুন্সী অসি
দ্বীপ কয়া কয়া থোকখ্রে তিন্নবা লৈত্রবগী
শক খঙনদবগী থম্মোয়গা থম্মোয় তিন্নদবগী ॥
অহুবু নিংথিবী ! নহাক্কি শারি জগোই
ঙসিগী বসন্তগী অয়ুকসিদা।

১৯৬৮

## লম্মাংনবা

" In this immensity my thought sinks drowned,
And sweet it seems to shipwreck in this Sea"

— *Leopardo*

সভ্যতাগী পিংডমদ্রবা খোঙচৎ অসিদা
ঐখোয়না ম্বাংলবা চীংজাউ কথা লাম্হোক্তুনা
নীংথিজরবা তম্প্যাক অসি ফংজরে
হকচাংমখৈদি পোথাজরে, অদুবু পম্মোযদি
মিৎযেংদি ?
মীওইবা জাতিগী চাওখৎপগী ঈপক মথক্ত। হাউদুনা
কদোমদুনো ঐখোয়গী পীক্রবা হিসি ?
মীওইবা সভ্যতাগী নোংলৈ নুংশিতা
নোরবা মযোলসি খাঙজরিদো হাইনা ঙম্না।
তাখি ঐখোয়না খেঙলবা অহিদা
নুংশিবা নোরবা মুরগী ঈচেল
দীন হান ভাগ্যচন্দ্র
অদুগা ঐখোয়না তাখি তমস্থ
তাখি অমস্থ
কদোমদনো কদাযদনো করম্নো ?
ঐখোয়না তাখি ঐখোয়না তাখি।
ঙবাং নুমিদাংবাইরমদা অসিদা লাল্লহন্না সাবুনাবুদুং।

ঐখোয়দা করি হায়রম্বগে ?

কনানে য়াচঙ্গদা ফীগ্রৌনা খুমডুনা শঙ্গৌদনা মাঙখিবঙ্গবু

লাঙগোল লুখোই !

করম্বা হিদেন তাফমদনো হোম্ভিল্লসিনে ঐখোয়গী হিসি

অরাং চাউখোং হিদেন্দা ?

নত্তে নত্তে অতোপ্পা হিদেন্দা

অতোপ্পা হিদেন্দা

আঃ করিগীনোনে চাউখোং হিদেন্দা মহায়বসিবো ?

কদায়দনো মরাইবক থীরবী মণিপুর—

মেলৈ লৈসা মুংজুম্পান কদাম্বদি লৈম্নুংশি !

কদাইদনোনে নহাক্কী ঈশৈগী মন্দির ?

কদাইদনো থারুগদবা নহাক্কী লুম্লবা পোংয়োম

কদাইদনো হেক্রুগদবা নহাক্কী শর্মজিগী লৈহাউ

কদাইদনো শাংঙ্কনগদবা নহাক্কী থম্মোইগী লৈরাং

আশাগী লৈরাং রাখলগী লৈরাং পৃহ্নমক্ক যেংবীদ্রবা

নহাক্কী পুন্সীগী লৈরাং ?

য়েংউ লাক্ষরবা ! যজ্ঞগী মৈরীদি চাক্রেসে

চাক্রেসে চাক্রেসে অঙকপা ফংনা অভিয়া তম্না

কম্মে দেবায় ?

করম্বা লাইদনো ? হৌদোকমিন্নরকপা মৈহৈরোনগী

লাইদরা ? থম্মোয় পীবীরকপা হিন্দুগী লাইদরা ?

পোথাবা ফংদ্রবা মতমগী লাইদরা ? মায়খুম্ য়া ওরিবা
ভবিষৎকী লাইদরা ? করম্বা লাইদনো ?
লৈজরেনে ঐখোয়গীদি—ঐখোয়গী আশাদা
অনৌবা ময়োল হকচাংদা অঙকপা শক্তি, ৱাখলদা
থিংঙম্দ্রবা ঈচেল, থম্মোয়দা নৌরবা লৈরাং
অদুবু করম্বা লাইদনো ? করম্বা লাইদনো ?
মাচিক মীরাওখোল তাদ্রবা পেঙলবা অহিংসিদা
অমুকস্থ স্থঙ্কংপা বাঁশীগী স্থর
ওন্থোকপনিদকো থম্মোযবু হুরিবা ব্রজগী মধুকরশ্যাম
করম্বা লাইদনো ?

১৯৫০

## নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখী

হে পৃথিবী ! চহি যুগ যুগ কয়া চৎলক্লি ইতিহাসকী লামায়দা।
লাম্বোক্লুই আটলানতিক মহাসাগর,
পোত্থারুই ট্রোয় লমদমদগী হেলেনগা লোয়ননা,
কৌক্রচীংগী চীংদোন্দা লেপ্তুনা য়েংলুই হৌখ্রবা ইতিহাসতা মণিপুরগী—
কোয়মিন্নরুই পাখংবগা গুরুগী ফাংখোঙ,
ফম্লুই কিয়াম্বা নিংথৌগী সভাদা মাঙমিন্নরুই সন্ধ্যাদা লাংগোন লুখোইগা
জগোয় শারম্ই শিজ লাইরোইবীগা নাপদা চঙদুনা পাউহংলুই।
চোকথরবা হকচাংনি মল্লবা থম্মোযনি মিৎফমনি মঙাল য়াওদ্রবা
অদুবু, খঙহৌদনা নোংলৈ নুংশিৎকুম্না
বারুণী চীংমায়দা অহিংগী থাংমৈ পরেংগী মিৎফমগা লোয়ননা
তাজমহলগী কুচু মাল্লবা শকফমনা
থামমবা কৌক্রুগী অমম্বা মচুগী চোইজাইনরবা শমলাংনা
চীংথৈ লাইরেম্বীগী মীনোক্তা
ইনাক্তা চঙলদুনা ফমথরে নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখীন ॥
হংলকই—ঐবু খঙলিবরা ?
ঐনদি তোয়না শোঞ্জবা মশাক্ত উবা ফংদ্রবা,
ঐবুদি কাউবা লৈতবা, উগে হায়বদি ঙমদ্রিবা
অদুগুম্বা নুপীগী মতৌগুম্না—
পুম্নীগী থবক লেপ্লবা, পীথোক পীশিন কারবারনা থল্লবা
অথেঙবা অহিংগী মীকুপ্তা পোদোনগী মৈরাতা ঙান্নরবা—
চঙশিল্লকই ইনাক্তা, ঐঙোন্দা য়েংলকই নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখীনা ॥

থাজরুই ঐহাকসি অস্থুক কুইবসি
পাণ্ডিতনি, কর্ম্মীনি, দেশভক্তনি, কবিনি
তুমিৎ পাইবা য়ারমদে মরৈগী থাংলোন্দা শক্তিগী মৈথুরক্তা।
পুন্সীবু লৌরম্মী, হে পৃথিবী, শান্নবুংনি অচুম্বগী ফজবগী।
অদুবু ইথা থাজদনা য়ান্নল পাংকী কোম্বীরৈ মচুমাল্লবা ফীজোন্দা,
কাক্তাগী মুংশিৎ নামিবগী খোঙথাঙদা,
শংবান্নরবা লৌবুক্কী ফৌনা মাল্লবা মখুৎনা—
তুমুগী লমদম পাংনা খোংখিবা থেঙলবা খম্বগী তৌত্রি মখোলগুম্না,
লেংবান্দা পায়ন্নকই য়েংলকই মিৎচাননা নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখীনা॥
ইতা! করম্বা পুংফমদা করম্বা মীকুপতা
উরুয়বা শ্যামবু কদম মখোঙদা?
পুন্সী হায়ববু করিনো—থবক্তি কারবান্ননি।
মুংশিবা হায়বনা কদায়নো—ওইদবনি মীনম্বনি; মায়ান্রি।
হাঙবা নত্তে মীকুপ অমতং, কেল্লক্রবা মালিকা লৈরাং য়েংজনবা
তাবা নত্তে কোকথক্তা অয়ুক্তা বোকুলগী লৈন্নাংনা চাইথরক্তুনা।
অদুবু পেঙলবা অহিংদা নোংয়ায়গী মীকুপ্তা অমম্বা অতিয়াগী মথাদা
নম্বুল তুরেলগী শাথেক্কা লোয়ননা চঙশিল্লক্তুনা,
অগ্নি লৈহাউ মাল্লবা মিংফমগা লোয়ননা,
ভূতপ্রেতকী শউমগা লোয়ননা;
হকচাং কায়াৎ পুম্নমক তুচুংহন্দুনা
কোকিলগী মুরবু ভমজনা—
ঐভোন্দা কোল্লকই মীকুপ অমতং নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখীনা॥

# ওইজগে ঐহাক্তি কবি

ইমা মণিপুর মুংশিবী
নহাক্কী সংস্কৃতিগী লৈকোনসিদা পুক্লিং হূরবা
ওইজগে ঐহাক্তি কবি
লৈখা তারবগী, ওক্রুবশিংগী, নৈহৎপীরবগী, পুম্মাং মাঙলবশিংগী ॥
চীংলোন মাপননা কোয়শিল্লিবা
সনারৈ শিঙ্গারৈ কেতকীগী লৈনম্না শল্লবা
লৈহাউ লৈনমগী মরকসিদা
উরেনে ইমা ঐহাক্তি
মিৎকী পি—চাক্লবা কংলবা থম্মোইগী শিম্বুরকপা পিরাং ॥
মাঙদা চৎলি নিংথিবা শাথেক্তা
য়েংলি তুং মাং শুঙ্খৎপা মীনোক্তা
পাইশল্লি নিপাগী পুক্লিংনা
মৈরানবীগুম মৈরক্তা চাকথেক্লবা
ওইগে খল্লি মীকুপ অমতং মহাক্কী
মীকুপ অমতং মীকুপ অমতং মহাক্কী—
অদুবু উরি ইমা ঐহাক্তি নিংথিবীদুগী মীনোক্তা
শিম্বুরকপা মিৎকী পি ॥
মাঙদা চৎলি পরেং পরেং

ফনেক ইনফিগী পৱেং ফৈজোম পৱেং খোংগ্ৰাউ পৱেং
সাইকলদা জীপতা রিক্সাদা কারদা সিটি বসতা
খঙদে কদাইদগীনো কদোমদনো
অদুবু চৎলি
পুন্সীগীদমক
অদুবু চৎলি
সহরগী লৈরক্তা, বাজারদা, সিনেম'হোল মমাংদা
ঐতনদি উরি চৱাম্নরবা চদৎনরবা কংশিক্লবা
অদুগা ইমা ! মিংকী পি ॥
ইমা মণিপুর মুংশিবী !
নহাক্কী সংস্কৃতিগী লৈকোনসিদা পুরৗং হৃরবা
ওইজগে ঐহাক্তি কবি
লৈখা তারবগী ওক্তবশিংগী নৈহৎপিরবা পূম্মাং মাঙলবশিংগী ॥
তপি তপি চেল্লি মাঙদা
অঙাং মচাশিংনা সিলেট কাংগ্ৰু পাযরদুনা
নিংথিজবা অযুক্তা শুক্কাৎপা শাজৎতা
পলেম কয়াগী মুংশি মীনোক পুরদুনা
হোংচিন্নরি শাবী শানৌশিংনা স্কুল তম্না কলেজ তম্না
কালেনগী য়াক্লবা মুংশাদা ॥
অদুবু চেনজরি মমা মপাদি—
চাক চশোম অমগীদমক লৈকায় লাক্লা

বেদনা হাযরি—মীওইবসি অমৃতগী মচাশিংনি
তারি নাকোংদা কাব্য লমদমগী স্বর অদু
ভগবান বুদ্ধনা হাযরি—পুন্সীসিদি অৱাবনি
খঙজদে ইমা ঐহাক্তি
কদাইদগী লাক্লিবা কদোমদা চংকদোরিবা
অশিবনা পুন্সীগী পংথৈরা ? চৎলমগদ্রা আত্মাদু
লান্দুনা গোংঙাক অসিথেল মকোই মুংওল চীং
কনানা খঙগনি মঙলা তাইবংলা
তাইবংনা মঙলা ?
হিংনা হিংনা শিবরা শিনা শিনা হিংবরা ?
পুন্সী অমম্বুং মঙ
মঙ অমম্বুং পুন্সী
কনানা খঙগনি করম্বনা অচুম্বনো ?
অদুবু ইমা ! কোংসি মেনশিনজরে
তাজনীংদ্রে লেহবা নাইদুবা ৱাহং
খুম্বগী লেহদুবা পাউখুম।
অসিমদি শোযদ্রে—নং অমম্বুং ঐ
অদুগা পুন্সা ! পুন্সীদি মাযা নত্তে লৌনম নত্তে
পুন্সীদি অশেংবনি, অচুম্বনি।
অদুবু ইমা ! অশেংবা পুন্সীসিদা অচুম্ব'
উরে ঐতনদি—মিৎকী পি

লম্বীদা সহরদা ইমুংদা লৈকায়দা
খুল্লক্তা লৈরক্তা, দোলান্দা, শেগায়রবা খাংপোক্তা
মাঙদা তুংদা থক্তা খাদা
অরোই অথম নাইদ্রবা পিগী ঈচেল।
পেংনরে ইমা ইমিংমক্না
পুন্সীবু কাওথংপা, নৈথংপা অমসুং লংথোকপা
শান্নপোং ওইহনবা
অদুবু ঐখোইদি উদে—সমাজদি উদে
মায়কৈ পূম্বদা অচিকপা—তুমিন লৈবা॥
কায়রবা থম্মোই কয়াদগী
লোইবা নাইদনা পোরকপা তেংগা নাওইনা
তাররি নাকোংদা থম্মোই পান্দ্রবা সমাজগী
ময়াই কারবা পুন্সীগী শৈশক ওইনা শুম্মংনা
থরনা কপ্লি থরনা নোকলি
থরনা নোক্লি থরনা কপ্লি
অদুবু ইমা! ঐঙোন্দদি চপ মান্নে নোকপা কপ্পা
ঐঙোন্দদি পূম্নমক—মিংকী পিনি॥
ঐসু খঙই ইমা! নহাকসু কপ্লি লোম্না লোম্না
লোম্না উহন্দনা তৈথোকলি নপি
অতং অথম নাইদনা শিন্থ্রিবা।
অমরসু ওইসনু মাঙবা কান্দা হৎকচাংনা

লৈবমসন্ন পুন্সীমুক্তি অরান খুবম ধর্ম্ম পূন্নমক্না তান্নরিবা।
যেংনসন্ন পণ্ডিতশিংনা অবোই তথম নাইদন।
ছন্দ মাঙগ্রবা পুন্সীগী রাহং
ঐনা উবিবদি খল্লিবদি মিংকী পিতনি
শরু কযাগী পোলাংতনি পৈখৎলকলিবা
লৈখিদ্রবা ঈপা ঈপুশিংগী শরু পোলাংগী নাস্তি ॥
মমশিল্লকবা অর্থ যাওরক্তবা মণিপুরী সমাজ।
নহাক্কী কিবমসিন। ওইহল্লেদকে।
ঐহাক্কী ঢাক্রব থাম্মোই
ঐহাক্কী পুন্সীগী অর্থ—বোধিসত্ত্বাগুম্না
লৈতাং শংবা কিজেও খুংজ ঢেঙ্গ পাযবদুনা ॥
ধম্মং শরণং গচ্ছামি।
মসিতনা ওইরে ঐহাক্কী ধম্ম -
ইম মণিপুব সুংশিং।
নহাক্কী সংস্কৃতিগা লৈরকলসিদ পুক্রিং তুরন
ওইজাগে ঐহাক্তি করি
লৈখা তাবকী, ওক্তশিংগী, নৈহৎপাবকগী, পূন্ময় মাঙলবশিংগী ॥
১১৬৭

## মণিপুর, মণিপুর, ঐহাক্কী মণিপুর

মণিপুর, মণিপুর, ঐহাক্কী মণিপুর
শকচরি ইমা নহাক্কী কোলোই
মালেম পৃথ্বী ইমাগা
নোংমদোন অতিয়া ঈপাগা
ওইখি অনিগী তিন্নফম নচা ঋষিশিংগী থম্মোইদা।
ভাম্মোকখি যজ্ঞগী মৈরিদা
কংখি হোম অনৌবা পুন্সীগী য়াকাইরোলদা।
অহানবা যুম্ফমনি ঋষিশিংগী
খোইদৌনি মালেম লৈমগী
অহানবা চীংশাংনি ভারতকী কোরৌ মশেক যেনখিবা॥
মণিপুর, মণিপুর, ঐহাক্কী মণিপুর
শকচরি ইমা নহাক্কী কোলোই
নহাক্কী তম্পাক্তনি অর্জ্জুননা পাণ্ডবকী য়াইমবা
উনখিবা চিত্রাঙ্গদা ওইখিবা পুন্সীগী লোয়নবী
অদুগসু কেনখিবা অকনবগী তাংজ লুরেন
উংশিং থওইদবগী খঙহৌদ্রবা মীকুপ্তা !
মণি ময়াম্না অনন্তগী শীন্না চাইখিবা মণিপুর !
ভাম্মোক্লমই মালেমদা নোংপোক লমদম শীন্নুংনা॥

গুরুনা কোনবা লমদমনি সনামহি পাখংবনা ঙাকলিবা
ওইখি অনিগী কুম্মৈশঙ হায়বগা নোংথাং লৈমগী।
নহাক্কী নোংপোক চীংশাংদনি কোলোয় লংমাই নিংথৌগা
উনখিবা লাইরেম্মা পান্থোইবী চীংলৈমগী শকতমদা
শান্নখিবা অনিগী লীলা নচাশিংগী থম্মোইদা যুগ কয়া
মণিপুর, মণিপুর, ঐহাক্কী মণিপুর
শকচরি ইমা নহাক্কী কোলোই॥

চীংবুরোই তম্বুরোই কয়াগী য়ারীনা
চংথরক্লি যুগ কয়া ইতিহাসকী লামাংদা
অকনবা নচা কয়াগী ঈগী বলিদাননা
ঙাকচরক্লি ইজ্জৎ ইমাগী ইতিহাসকী পম্বেং কয়াদা।
থায়দোকপা লৈখিদে চীং তম অমতনি থম্মোই মণিপুর
অনিগী পুন্সী য়ারীনা চেংন-চান্নবা কায়নবগী
থেংনবনা লানফম কয়া য়েক্ক মায়োক্তা মপানগী
ওইখিবনি ইতিহাস মণিপুরগী যুগ কয়াগী য়ারা শাংবুন
অসিনা পূনগে ঙম্নমক তম্পাক লমদমদা লৈহাঙ চেন্নবা
চীং অমসুং তম, নোংপোক অমসুং নোংচুপ
পূনখ্রে নোংচুপকী ব্রাহ্মণ তিনখ্রে মুসলিম কবোগী ঈ
ওইখ্রে থম্মোয় অমতা অপূনবা লমদম মণিপুরগী
মণিপুর, মণিপুর, ঐহাক্কী মণিপুর
শকচরি ইমা নহাক্কী কোলোয়॥

মখল মথেন লৈরাংনি ইমাগী লৈকোলদা শাংলিবা
পূল্লরি তোঙানবা মিংয়েং কয়া তিল্লরি লাইনীং কয়া
পারমচংকী শৈহৌনা ওইরক্লবদা শৈরোইগী শকফম
অশোনবা মীকুপ খরদা ওল্লকইবা ইতিহাসকী জাতিগী
তিন্নখি মফম অসিদা লাইনীং কয়া হিন্দুগী মুসলিমগী খৃষ্টানগী
অদুবু অমাওর্বদি ওইখিদে পুন্সী নাচোমদা জাতিগী।
সংস্কৃতিগী ওল্লকইবা চাক্লিবা যজ্ঞগী মৈরীদা
পূন্নমক ওইশিল্লক্লি অমতা জাতিগী হিংবা শিবগী মুংশাস্বর।
অদুবু ইমা লৈরি পাণ্ডা কয়া রাখল গেল্লবা পুকচেল পীক্লবা
হোংনরি খায়দোক্কদবগী চীং-ভম, হিন্দু মুসলিম-খৃষ্টান
থদংকে হোংনরি তিন্নবগী সনাগী তংফদুবা লংলাবু
চাইথাইগে হোংনরি যুগ কয়া পিথিনা শেমখ্রবা পুন্সী লৈপুনবু।
মণিপুর, মণিপুর, ঐহাক্কী মণিপুর
শকচরি ইমা নহাক্কী কোলোই॥
কনানা হায়বগে নহাকপু ইম ! অপঙবী অশোনবী ?
শোঙ্গসনু কবিনা ইমাদি মীরক তিনজদ্রিবীনি নচা চানবী ওইবনা
অকনবা পোকপী ইমানি চাউখ্রবনি নতম্বাক্তা নচা ঋষি কয়া
শোন্নরি যুগ কয়া বব্রুবাহন, চীংথংখোম্বা গম্ভীর নরসিংহ
থাঙ্গাল টিকেন্দ্রজিৎ বীর পাউনা মশীং থীঙমদ্রবা অকনবশিং চীং-ভমগী
মায়থীহনখ্রবনি য়েক্লববু মন্ত্রগী শক্তিনা লাংগোললুখোই কনকথেংগ্রা
ইবুধৌ খোংনাং থাবা কাউনদ্রি কবুই শলাং মাইববু

চেপ্লি নচাশিংগী শিংলিদা অকনবা অথোবা কয়াগী ঈ
ঋষি যোগী কয়াগী লাইগুম্লবা পুন্সীগী লাইনীং কয়া লোম্না থুপ্না
অদুবু ইমা ! নচাশিংনা কাউরে দুম্মুম্ভগুম
থাদখিদুনা ইতিহাসকী লাংফমসিদা কদাইদনো নীংশিং খুদোপ
মাঙহনজখ্রে আত্ম সন্মান মপা মপুগী মাঙফদ্রবা ইজং
শন্দোকচরে মশামকপু হন্থনা লান্বা তৌঙমদ্রে য়েন্নবশিংগা
মণিপুর, মণিপুর, ঐহাক্কী মণিপুর
শকচরি ইমা নহাক্কী কোলোয ॥

যেংউ ইমা লাযরবী, পাঙ্গল শোন্রবী লাইবক থিবী।
পাইরেনে অকোযবদা লম্লানবা লাইজানী ঈচং থোনা উশিন্ডনা।
শেন্দুনা চাগদবগী নহাক্কী মিহুল ছিল্লিবা হকচাংগী মচেং।
শোঙ্গুরি তেংথাজরি নহান্না শিরমদাইগী খোম্তোক্লা—
ইমাদি খুবোম যোরে, খুকউ য়োরে, খ্যাং য়োরে।
শোল্লি মচীন্দদি তন্দুনা জয় ভারত মৈত্রী, করুণা, শান্তি
নীংশিংহল্লি পূজাগী মশক ওইরবা ভগবান বুদ্ধবু, গান্ধীজীবু, বিনোবাবু
অদুবু থম্মোযদি নুংনি মখোযগী মুংশিবগী ঈরিক চেন্দ্রনা
লৌশিংদি তশেংবা লমন্তইনি শারমচংনা মাংওইনবা
নচাশিংদি লৈরি য়েংদুনা গতি লৈতনা পাঙ্গল শোন্না
হাপচরি মকোক্তা খুং উপায লৈতনা কয়া অমনা
খঙদ্রে খঙনা খঙনা উদ্রে উনা উনা
মণিপুর, মণিপুর, ঐহাক্কী মণিপুর
শকচরি ইমা নহাক্কী কোলোই ॥

শেংহন্দুনা ইমাবু চাকনিবগী ফিজেং থাদবীরক্তুনা শেনথায়খরা মপানগী
ঙাওহন্দুনা মপানগী ঈরাংদা চেলহন্দুনা জীপ কাম সহরগী লম্বীদা
খঙ্গহল্লে শেরাম্ননা নচাশিংবু—চাওখৎলবনি মীমান্নরবনি ঐখোয়দি
অহুবু উরে নচাদি অস্নুম অস্নুম খোল্লাউ কয়া থোরক্লিবা চরাম চদৎনবগী
লৈতলায়রগী চরা হেনবগী থবক ফংদবগী অমঙবা অকিবা নোংগী মপৈ
নোংমদি লুপকদৌরি পূম্নমক লৈখা তানা কপ্পুনা।
চুপথোকখি অস্নুম অস্নুম কংশিল্লকইবা ইমাগী পুন্সীগী ঈদি
ওইহল্লক্লি ইমাবু অস্নুম অস্নুম শক্তগী পোলাংগী শকফম
নুংশিরবী ইমা মণিপুর! কযা কুইনা খাঙখিগদৌরি অস্নুম্না
ইকাই নোংখুম চরৈননা মাযথীরহুনা লানফমদা পুন্সীগী
যেংহৈদ্রে ইমা তৌরিবসি থাংডমদ্রে যেক্লবগী অথাকপা মানোক
খঙজদে নতম্বাক্তা শান্নজগরদ্রা নচ দি মথংগী মপোক লাংঙোন্দা
হদক্কী মপোকসিদদি নুংশিবা ইমা, শিংজনীংইনে নচানা খোমলাংলমন
মণিপুর, মণিপুর, ইহাক্কী মণিপুর

শকচরি ইমা নহাক্কী কোলোই॥

যাকাইহনবীরো ইমা নচাশিংবু পীবীরো শক্তি নচাশিংদা
শেংহনবীরো লানগী ফিজেং লাইবক্তা নম্বীরো শিন্দুর
মাঙহনবীখ্রো পূকচেন পাঙদবা অপঙবা অমসুং মীনাই ওইবগী
লেপহনবীবো থৌনাগা লোয়নবা লাউহনবীরো ঐখোয মণিপুরীনি
মণিপুরনি ঐখোয নাইতোম ঙাল্লিবা ভারত মহাজাতিগী লৈকোন্নুংদা
চীংতমগী অপূনবা সংস্কৃতিনা মালেম লৈমগী শীৎলিবা নুংশিৎতা তিল্লিবা

মণিপুরীনি ঐখোই থৌনা ফরবা চেল্লিবা শিংলিদা শিবা কিদবা ঈচেন
মণিপুরীনি ঐখোই ইজ্জৎ ঙাকলিবা থদংনবা মীনাইগী যোঙ্গিং তুককচনা
মণিপুরীনি ঐখোই চীং-তম মণিপুরীনি ঐখোই হিন্দু-মুসলিম-খৃষ্টান
মণিপুরীনি ঐখোই ভারতবাসী শোল্লি চীন্দা জয় জগৎ বিশ্বশান্তি
মণিপুরীনি ঐখোই শিবা নাইদ্রবা চোংথোরক্লিবা ঙাক্লবা ইমাগী ইজ্জৎ
মণিপুরীনি ঐখোই মণিপুরগী মালেমদা অনিশুদ্রবা পোক্লফম লমদমগী
মণিপুর, মণিপুর, ঐহাক্কী মণিপুর
শকচরি ইমা নহাক্কী কোলোই ॥

১৯৬৯

# মহাত্মা গান্ধী

য়েংলি নংবু ৱারবা জগৎনা ভারতকী মহাত্মা
মুৎখ্রে থাউমৈ মাঙখ্রে মঙাল হাইথখ্রে সভ্যতা ফিরাল
শাৎকনি নীংলমই লৈখোক অমতদা নোংপোক নোংচুপকী লৈরাং
পাইগনি খল্লমই অতিয়া মকোয়দা তিন্নবা থম্মোইগী চেক্লা
অরেম্বনি আশা অরেম্বনি ৱাখল অরেম্বনি মায়া মরীচিকা
কূপলক্লি নোংথাং মীকুপ খুদিং মম্নবা সংসার লৈচিল্লক্নগী
গান্ধী, মহাত্মা, ভারতকী থৱায়, ভারতকী থম্মোই !

*　*　*　*

নীংঙাইদনা লৈরমই নোংমদি ভারত চীল্লবা নিদ্রাগী তন্দ্রাক্তা
নোম্থরমই অহলগুম মাঙখিদুনা গতি কুইরবা সভ্যতাগী পোৎলুমদা
নহাক্না হৌদোকখি পীবীখি দীক্ষা সত্যাগ্রহগী অঙকপা মন্ত্রদা
য়াহৌরে ভারত হৌগৎলে তপ্না হৌগৎলে স্বাধীনতাগী মঙালদা
নোংচুপকী মীশিংনা ঙক্না য়েংখি নহাক্কী অহিংসাগী শক্তি
খুৎলাই য়াউদনা থম্মোইগা থম্মোইগা থেংনবা সত্যগী লানফম
গান্ধী, মহাত্মা, ভারতকী থৱায়, ভারতকী থম্মোই !

*　*　*　*

অদুবু গান্ধী ! লৈরিনে মণিপুর অৱাং নোংপোক্কী ক'চিন্দা
ফংদ্রিনে সত্যগী মঙাল খঙদ্রিনে অহিংসাগী অঙকপা মন্ত্র
উজ্জবদা ঙাইরি ৱারবী মণিপুর শেংফাত্তবা স্বাধীনতাগী মূর্ত্তি
কৎচদ্রি পুন্সী কৎচদ্রি থম্মোই অশেংবা মুক্তিগী যজ্ঞদা
লৈজদ্রি মন্দির লৈজদ্রি দলাল লৈজদ্রি নোংচুপকী সভ্যতা
য়েংলকউ বাপু ! সুংশিবা মীৎয়েংনা চীল্লবা সেবাগ্রাম খাংপোক্নগী
গান্ধী, মহাত্মা, ভারতকী থৱায়, ভারতকী থম্মোই !

# থিজবা

নংচদে কবি ঐহাক্তি শাম্নজবা কল্পনাগী রাজ্যদা
লৈজদে বীণা ঐহাক্কী শকচনবা মুংশিবা সুরদা
ঙাইজরি নহাকপু মরূপ চীক্লবা অহিংগী থাবলদা
শকচরি ঈশৈ ইতোমতা অঙাওবা রাখলগী ছন্দদা
লৌখ্রেকো নহাক্রা বিদায় শিন্থবা মিংলুদা ঐঙোন্দগী
থঙখিদ্রে মীকুপ্তা নহাক্লা থোরাংলবা ইঙ্গিৎ থম্মোইগী
ঐঙোন্দা পীরমলে তমথীবা পুন্সীগী অকিবা লৈকংলা
লাকপীদ্রে নোংহৌ রারবা রাখলগী মুংনবা মৈচাক
অসিরা নহাক্কী মরূপ ঐঙোন্দ। অরোইবা দান ?
কেনখ্রে থাইনবা নোংলৈদা নোরবা অশাগী লরাং
পাইরি লৈচীন্না তপ্পা নীংজা থুংনা অতিযাদা
অদুবু লাক্ক্রে নহাক্তি চংখরে পম্থুংফম খঙদনা
লাকউনে শামিন্নসি জগোই যৌবনগী অঙকপা শাগেন্ত্রা
গিক্তরি কাযবনা থম্মোইনা থিজরি নহাকপু মরূপ ॥

১৯৪৭

# থিয়ু নহারোল থিয়ু

থিয়ু নহারোল থিয়ু
লৈচীনগুম্না অতিয়াদা পাইদুনা
মুংশিংকুম্না মফম শীন্থুংনা
উচেক্কুম্না মনীং তম্না
বজ্রগুম্না অকনবা থম্মোইনা
নোংলৈগুম্না অথুবা খোঙচত্তা
নোংথাংগুম্না অঙকপা ইঙ্গিত্তা।

থিয়ু নহারোল থিয়ু
কাওথোকউ থদংলু সমাজগী পল
তমথীবা অমনবা ভূক্কচবা
থদংলু ধর্ম্মগী য়োহিল্লং
অর্থ য়াওদবা পুন্সী পীদবা
থুগায়য়ু শেগায়য়ু করিম্মত্রা কিগনু
অপংপা ভূক্কচবা পূম্নমক।

থিয়ু নহারোল থিয়ু
থক্তা খাদা মায়কৈ মরিমক্তা
অনৌবা ফজবা অচুম্বা
মাঙহল্লু অথীবা পূম্নমক
সমাজ অসিবু কূপশিল্লিবা
থম্মোই অসিবু মাঙহল্লিবা
ঝাখল অসিবু শেয়াম্নবা লমজীংলিবা

থিযু নহারোল থিযু
অনৌবা সাহিত্যগী লম্বী
শকউ কপউ নোকউ অতৎপা লৈতনা
অনৌবা সুরদা, অনৌবা জগোইদা
অনৌবা ৱারেংদা অনৌবা শৈরে দা
ফংহন্নু ৱাখলগী মুক্তি
মুথৎখ্রো সাহিত্যগী অমনবা লম্বেল।
থিযু নহারোল থিযু
চৎকন্নু কিগনবা পুক্নীংদা
লংশেকউ চাইথায়য়ু থুগাযয়ু থদংলু
পুক্নীংগী অশোনবা পুম্নমক
কান্নদ্রবা আশা পুম্নমক
মল্লবা ৱাখল পুম্নমক
পুন্সী যোঙচংকী য়োহিংলং পুম্নমক।
থিযু নহারোল থিযু
থিযু হে বিপ্লবীদল!
হঙউ ঐখোয়সি স্বাধীনতাগী মূর্তিনি
ভৌগদবনি অঙকপা বলিদান
মাঙহনগদবনি ইশাগী ওইজবা থিবা
পুন্সীগী অচুম্বা লম্বেন্দা
চঙশিল্লু চঙশিল্লু চঙশিল্লু হে নহারোল!

থিয়ু নহারোল থিয়ু

শক্তদবনি অনৌবা ঈশৈ

নিলহনগদবনি পৃথ্বী অসি

নহারোলগী থম্মোইগী শুক্লাংপা ঈশৈনা

নোকহনগদবনি ব্রারবা জগৎ অসি

য়েংহনগদবনি নহারোলগী

অথৌবা, শিপা কিদবা পুন্সী জগোই।

থিয়ু নহারোল থিয়ু

থিগদবনি শূক্রবা উমংদা

থিগদবনি পাক্লবা সাগরদা

লুপকদবনি, চেনগদবনি, পাইগদবনি

থদংকদবনি, শেগায়গদবনি

পুরকউ নখোয়না

অনৌবা পুন্সী, অনৌবা আশা, অনৌবা মিংয়েং।

১৯৭৭

## ব্রাহ্মং

মীনদি হায়নৈ
লম্বীদা মিটিংদা লাইব্রেরীদা
করিগুম্বা ঈশ্বরনা লৈরম্বা পোক্লবদি—
ঐদি ইতোমতা শোঙ্গে
ঈশ্বর হায়বদুবু লৈরিগদ্রা ?
চৈরাউ চীং কারি অভাং অহল লৈশাবী পাখং
পুন্সীগী অনৌবা খুদে লগীদমক
খুবখুদক কুঞ্জে লাইবক্তা সিন্দুর নপ্সী।
অদুবু ঈগী ঈংখাং চেন্নি বাংলা দেশতা
কার্প কাপ্পুনা হাংলি মরাল লৈজদ্রবা মীওইবা
অল্লাহগী করম্বা থৌশিন্নে ?
খত্তবা ভমদে ভুরিবা মুপী অভাং ছাত্র অহল লাখ তরুক্লা।
নোংয়াইগী মতমদা থোং হাংদোক্লুনা কপ্পি মুপী অমনা
অমতা পোকচর মচা কাযনবগীদমক
অদুবু বারুণী মহাদেবদি কপতে
ভুমিন্না ভাইরি কুমগী ভক্ত লিশিংলিশিংনা চত্তজরকপা।
গোবিন্দগী মন্দির হাংদোক্লুনা শরিক খীংলি।
থম্মোই শোক্লা ওম্মোইনা কপ্পি ভক্ত অমনা।

এপ্রিল, ১৯৭১

## অরাবা *

ঐদি শজীনি পোক্লকপদদি
অদুবু ওন্নীংলে হৌজিক্তি কৈজাউ
অসিনি ঐগী অরাবা—

তথক তথক্লবা ঐহাক্কী মিৎনি
চেঙ্গরমই থরায়গীদমক শাতানবগী শউমদা
অদুবু হৌজিক্তি মিৎসে ভাংশং ভাঙলে
লুমদুনা থুপ্তুনা শজীদা চোংশিন্নীংলে।

অকোয়বদা লৈরি কৈগী শঙ্গুনা
চারি শদুম শেংল শেংলদুনা
ঐনা উরগা কপ্লবা লাক্লে
অদুবু নোক্লবা য়াদ্রদুনা নোক্লে।

নাকোং থাংগৎলি শজীগী মখোলদা
য়েংজে মিৎসিনা ভনৌরিবা হানৌশিংদা
অদুবু ঐহাক্তি ভূমদবা য়ঃদে
কৈগী শঙ্গুনা কোয়শিল্লদুনা।

এপ্রিল, ১৯৭১

---

* Hungary গী মমিং চৎলবা কবি Attila Jozsef কী শৈরেং "অরাবা" হায়বদু নীংশিংদুনা ইবা।

## ঐগী ইমা *

থা খরসি চহি খরসি নীংশিংলি
ইমাদো মপামদা চংখিবী মপি তৈথোক্লহুনা।
ঐনা কপচখি লাউজখি--ইমাবু থাম্বীযু।
ঈপাদা কপচৈ—ইমাবু কৌশিনবীযু।
ইমাদো চংখি খোংপাং তপ্না
যাক্লবা কালেনগী মুংশা মবক্তা।

ঐনা লাউজখি—ডাইখো ইমা চংপা যাবোঃ
ইমা লৈতবা যুমসিদা ঐহাক লৈরোই
চংশিন্নসি ইম ইচা—
ঐবু পুবীযু খুংশন্নহুনা ইমানা।
হন্নফাওবা যেংলমদে হমানা
চংখি মোংলবা যীজোন্দা মকোক মকু খুমহুনা।

লোর্ক্লিক উচরে হমাগী শক্তি
ইমাগী লৌরাল ইমাগী মুংশিবা
লৈবক্নে ইমাদি বন্দীশদা নচাশিংবু ফাহুনা পুন্নিবা
লেন্নমই ইমান নচাশিংদা কাপ্নিবা নোংমৈ গুলি মবল।
চাইবি ইমাগী শমাংনা কৌক্রুদগী লাইমতোন ফৌকংঙা
ওইবি মিংযেংনা ইমাগী লোক্তাকী লাইজগা অমতা।

এপ্রিল, ১৯৭১

---

* Hungary গী কবি Attila Jozsef কী শৈরেং "ইম" হায বদু নীংশিংহুনা ইনা।